# লাইরিক থিবা হায়বা সংকীর্ত্তন

"অচুম্বনা অবানববু পুল্লি।
খুৎলাইনা মীবু ব্রাবকপা ওইথোক্লোই
খুৎলাইনা মাঙহন তাকহল্লি
মীনুংশিতনা অপুনবা পুবকই
ইবনাই নুংঙাইবা ছনি
মীযামগী নুংঙাইবা ঐগীনি
ধর্ম্মনা ধর্ম্মবু যেক্লদে"

শ্রীঅথোকপম বীববাবু সিংহ

# শ্রীগৌরচন্দ্রায় নমঃ

কৃষ্ণোৎকীর্ত্তন গান নর্ত্তন কলা পাথোজনি ভ্রাজিতা সদ্ভক্তাবলিহংস চক্র মধুপশ্রেনী বিলাস্পদম। কর্নানন্দি কলধ্বনির্বহতু মে জিহ্বামরু প্রাঙ্গনে শ্রীচৈতন্য দযানিধে তব লসল্লীলা সুধাস্বর্ধুনী॥

হে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু। থৌজানগী সমুদ্র ওইবা ইবুংঙো নহাকা হৌনা লাওনা জগোইগা লোইননা শক শোনবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ লীলা সংকীর্ত্তনগী পবেংনদি থবো, থম্বালগী মশক ওইনা শাৎলি সান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসন্য, মধুব, বসনচিংবা ভক্তগী পবেংনদি ঙানু কাঙ্ঙা থঙ্গোঙ অমদি খোইমুগী মপৈ ওইদুনা সান্নজফম ওইবা নঙোন্দা সান্নজবি। অদুগুম্না তাবদা নাকোঙ্‌বু নুংঙাইবা পিবা মিববা খোঙ্জেলনা তিনবা নহাক্কী নিংথিজববা লীলামৃতগী মশক্লা ওইবা স্ববধ্বনী গঙ্গানা ঐগী লৈযেংগী মশক মরুভুমীগী মাঙ্গোলদা চেনবিবসনু।

*লাইবিক থিবা হায়বা সংকীর্ত্তন।*

ফোংজবা ঃ মণিপুর গৌরধর্ম্ম প্রচার সমিতি,
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক, কৈনৌ, মণিপুর,
রেজিষ্টার নং ১৪ বি এস আর ওফ ২০০৩-০৪




লেখক ঃ শ্রীঅথোকপম বিরবাবু সিংহ,
ইথাই খুনৌ।

অহানবা খুৎনম ঃ কপী ৫০০

মমল লৃপা ঃ ৩০/-

---

লাইবিক নম্ফম ঃ ডিজিটেল প্রীন্টর,
কৈশাম্পাৎ মধুভবন, ইম্ফাল।

## অইবগী থাগৎ ৱাহৈ খরদং

লাইবিক থিবা হায়বা সংকীর্ত্তন কৌবা হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদগী মণিপুবদা লৈবিবা গৌব সম্প্রদায় বৈষ্ণব-ইজম চৎলিবা বৈষ্ণবসিংগী থম্মোইগী অমম্বা খজিক্তা ওইববসু কোক্পা ঙমগদ্রা হাযবা আশা থমজদুনা ফোংজবা লাইবিক্তি। ঐগী বুদ্ধী শক্তিনা লাইবিক অসি ফোংবা নত্তে মণিপুবদা হৌজিক হৌজিকমক লৈবিবা বৈষ্ণবসিং অমদি ওঝাসিংগী পাওতাক মতুং ইন্না ফোংজবনি। লাইবিক অসিগী মনুংদা য়াওবিবা বাগ বাগীনি উপাবাগগী ছন্দশিং অসিগী মত পিবিবকপনা সন্যানিয় শ্রীযুক্ত নিংথৌজম ইবেতোম্বী সিংহ লাইবিক থিবা ওঝা সলুংফন্না ইবিবকপনি। লাইরিক অসিদা চংবা প্রেসগী মমলনচিংবা পুথোকপিবনা গৌব ধর্ম্ম সমিতি বিষ্ণুপুব দিষ্ট্রিক্তা পুথোক্তুনা ফোংবীবনি খ্বাইদগী মকুওইবা থৌদাং লৌবিবিবনা মাননিয ইবোম কৃর্তি সিংহ, সমিতি অসিগী সেক্রেটবীনা লৌবিখি মবম অসিনা পুর্ব্বোক্ত ওঝা কৃত্তী সিংহবু ঙমখৈ লৈতনা ঐনা স্বাগৎ তৌজবি।

শ্রীঅথোকপম বিববাবু সিংহ

# লাইরিক থিবা হায়বা সংকির্ত্তন

## ৱাহৌদোক

কলা মখল কযানা মীওইবা ঐখোযবু অৱা পোথাহল্লি, নুঙাইবা পিবি। থকশি খাশি তাকই, অমদি অমগা অমগা নুংশিনহল্লি। পৃথিবীগী লৈপাক পুন্নমক দেশাচাব লোকাচাব লোইনা লৈনবমক্তনি। দেশাচাব হাযবদি লৈপাক অদুগী চৎনবিবু হাযবনি। লোকাচাব হায়বনা লৈপাক অদুদা পুন্না লৈমিন্নববসু তোংঙান তোংঙানবা জাতিসিং অদুগী নাৎ নাৎকী ওইবা চৎনবী চাকচা ইথক ফীজেৎ লৈতেং কলচব কলা সংস্কৃতি লোল মসিনচিংববু লোকাচাব হায়না কৌগনি। কলা সংস্কৃতি হাযবা অসি জাতি অদুগী থৱাইনি মসিতনা অৱা নুংনাং কাওথোকহল্লি লৈপাক অদুবু পৃথিবিদা শক তাকই, মশাগী হৌবকফম তাকই।

ঐখোযগী ইবৈপাক মনিপুব অসিগীসু লৈশেমঙৈ লাইনা পাল্লিঙৈ মৈহৌরোন্দগী হৌনা ঐখোযনা সেমজবা ইতিহাস ওইবা নুংগী অর্থ চেনবা দেশী ওইবা কলা মখল কযা চিং অমসুং তমদা লৈবিবা জাতিসিংগী নাৎকী তোংঙানবা মখল কযা চৎনবি। কলা হাযবসি মীওইবগা তৎন থানবা যাদ্রবা হিংবদা চংবা মমল যামখ্রবা পোৎচাক্লি। মণিপুবদা হৌজিক চৎনবিবা কলাসিং অসিগী মনুংদা লাইবিক থিবা হাযবা অনৌবা মীংথোন্দা সৎ সঙ্গ কৌবা কলা অসিসু অতৈ কলাসিংগী মনুংদা চাওনা যৌদাং লৌবিবা অমনি।

মীওইবা খুদিংমক মানা মানা পামজনা তৌবিবা থবক অদুবু খরদ ওইববসু খংনিংবা হাযবসি মহৌসানি। শ্রীশুকদেবদগী নিংথিনা শিক্ষা ফংজহৌদ্রবা পান্দ্রবা ঐসু লাইরিক হাযবা কলা অসিদ অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা পামনা খোংদাজবকপনা কলা অসিগী মবমদা খবদং অখং অহে ওঝাসিংদা চংজ হংজদুনা নৈনজবি।

## মঙ্গলাচরন।

বন্দে গুরুনীশভক্তানীশমীশাবতারকান।
তৎপ্রকাশাংশ্চ তৎস্ক্তি কৃষ্ণচৈতন্য সঙ্গকম।

দীক্ষ্যাগুরু - হরিনাম পিবিবা গুরু ঐবু পোকপিবা আদি গুরু ইমা ইপা শিক্ষ্যা গুরুশিং মন্ত্র তম্বীবা ভক্তি তম্বীবা বিদ্যা তম্বীবা গুরু পুন্নমকপু ঐনা খুরুমজে। ইশ্বরগী ভক্ত-সাধক ভক্ত-সীদ্ধ ভক্ত পুন্নমকপুসু খুরুমজে। ঈশ্বরগী অবতার, গুন অবতার, যুগাবতার, শক্ত্যাবেশ অবতার, মন্তর অবতার, পুন্নমকপুসু খুরুমজে। ঈশ্বরগী শক্তি খিবিকপু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোবু ঐনা খুরুমজে।

## লাইরিক থিবা হায়বগী গোমুখী।

ঐখোইগী মণিপুরদা চৎনবিবা লাইরিক থিবা হাযবা সংকীর্ত্তন অসিবু পুথোকপিবম্বা গোমুখীদি - মৈদিজ্ঞু চিংথংখোম্বা রাজেশ্বরনি। লাইনিংথৌ কর্ত্তা শকাব্দ ১৬৪৩ দা পোকই। অপোকপা শ্যামজাই খুবাইলাকপা অপোকপী খুরাইলৈমা কৌই। শকাব্দ ১৭২০ গী মেরা থা শুক্লা তৃতিয়া - পানখৎলকপা হুন্নী পানবা মঙ্গলগী মশক্ ওইবা তিথিদা লীলা হঞ্জলখি। চহি ৭৭ চুপ্পা তাইবংপান্দা লৈবিদুনা লংলবা

প্রেম ভক্তিগী পাম্বী থাবিবম্বী। বাজঋষি অচম্বা নিংথৌ নত্তে, শ্রীগৌরাঙ্গ কল্পবৃক্ষগী অচৌবা শাখানি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শক্ত্যাবেশনি মী ওইনা মীবক্তা পোকপদগী মীনি হায়কবনি, মীচম নত্তে।
যথা গীতা ১০/১৪দা শ্রীকৃষ্ণনা - অর্জ্জুন্দা তাকই —

যদ্ যদ্বিভূতিমৎ সত্ত্বং মম তেজোংশসম্ভবম্।
তত্তদেবাকগছ ত্বং মম তেজোংশ সম্ভবম্॥

হে অর্জ্জুন। অদু অদুগুম্বা মী অদুনা মী মরক্তগী থোইদোরকপা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবা পাঙ্গলদা লৌশিংদা তৌথোবকপা থবক থৌবমদা মবল লৈবদা মহৈ হৈবদা মশক্ মতৌদা মগুণ লৈবদা মীবক্তগী হেন্তোক থোইদোবকইবা মীশক্ মদু মদুবু কৃষ্ণ ঐগী অংশ শক্তি মঙালনা ওইবনি হায়বা খংউ। অসুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবা অসি লৈবনা লাইনিংথৌ কর্ত্তা শক্ত্যাবেশনি। মণিপুবী ঐখোইগী লাইবক ফবনা মৈত্রবাকসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজ পোকপিববনি মনাই ভক্তগী প্রেম ভক্তিনা পুন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগোবিন্দ হায়বা নাম লৌবিদুনা শ্রীবিগ্রহগী স্বৰূপ ওইনা অবতার ওইবিবকপনি।

## ভক্তদা কৃষ্ণনা ফোংতোক্পা শক্তি

সিদ্ধ ভক্তসিংগী মফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য ফোংদোক্তুনা গুণ অমদি কৃপা শক্তি মখল মখল পিবিদুনা তাইবংপানবা শংসাবসিদা ইবুংঙো মাগী গুণ্ নাম লীলা মখল কযা ফোংতোকহন্দুনা পাপী তাপী কযা কযাবু লানবিদুনা ভক্তগা লোইননা সানবি। লীলাদুনা

মরম ওইদুনা অধর্ম্মবু তকথোক্তুনা ধর্ম্মবু ঙাক সেনবিবি। ঐখোইগী ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র সিদ্ধভক্তনি। ঈশ্বরগী শক্ত্যাবেশনি হায়বা অসি তৌরম্বা থবক্ থৌওংসিংনা লেংবা যাদবা শাক্ষি ওইবী। – কম্বীরোল চীংগী নুংপাক্তা তারিবা পদচিহ্ন — খোঙ্গুল, (তেখাও লৈপাক্) আশামদা লৈপাক্ নিংথৌ মীয়াম্ চোম্না তিনবা মযাইদা মথক্তা উচেক ফাওবা পাইবা যাদমখৈ ঙাওবা মযাই কাববা শামুবু মখুৎতা খুৎলাই অমত্ত পাইদনা চামব কাংহাই তুল্লসী পবেং পাইদুনা গড় মনুংদা চংদুনা ফাখি। মসি শেমজনবা ৱাবী নত্তে। হাযরিবা অঙক্পা থৌদোকসিং অসি শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভক্তন্দা ফোংতোকপা ভগবানগী ঐশ্বর্য্যমক্তনি। কান্য চিংদা থৈবোং পাম্বীদা চংদুনা ভগবান কৃষ্ণনা শ্রীগোবিন্দ কৌদুনা অবতাব তৌবা কল্পনা নতে, ঙসি ফাওবা রাজ বাবী মণি মন্দিব বত্নসিংহাসন্দা শ্রীবিগ্রহগী স্বৰূপ্ ওইনা ঙাম্লোইবিদুনা লৈপাকসিগী পুরন্দব ওইবিবি। ইবুংঙো মহাক্কী নাম, গুণ, লীলা প্রচার তৌবিদুনা শংসাবী জীব মপৈ মপৈ লানবিদুনা মণিপুববাসি ঐখোইগী অৱা নুংঙাই খুদিং চংজফম্ হাযজফম ওইবি। পুন্নমক্ অসি শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভক্তগী প্রেমগী মখা পোনবিদুনা সানবা লীলামক্তনি, কর্ত্তা মহাবাজ শক্ত্যা বেশনি।

## নরোত্তমদা লৈবা গুণ

শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা মনাই নবোত্তমদা মখল মখা কৃপা শক্তি কযা পিবিখি। করিগুম্বদা মংদা কবিগুম্বদনা হকথেংননা মদু নত্রগা মনাইগী থম্মোইনুংদা লৈবিদুনা শক্তি পিদুনা প্রেমভক্তি প্রচাব তৌহল্লি। ঠাকুর মহাশয় ব্রাহ্মন নত্তে অতোনবা শূদ্র বর্নদা পোকপনি। অদুবু গুরু প্রণালিকাগী অহমগুবা যুম্ফমদা লৈদুনা গৌর সম্প্রদায

গৌব ভক্ত পুন্নমক্কী ভক্তিগী যুম্ফম ওইবী। শ্রীবাধিকানা চম্পক মঞ্জবী হাযনা সীদ্ধনাম থোনবী বাগাত্মীকা সীদ্ধ দেহনা সেবাগী শঙ্গোম ঙৌবদা শঙ্গোম অশাবদা খুৎনা ঙাকউবগা বাহ্য দশা সাধক্ত হন্তোবকপদা মপানগী প্রবতক দেহদা খুৎ পোক্লম্মী। মসিনা তাকই। নবোত্তম সীদ্ধ ভক্তনি। গৌবদেশদা হল্লক্লগা খেতবী গ্রামদা লৈদুনা ষয বিগ্রহ নির্পন তৌখি। শ্রীগৌবাঙ্গ, বল্লবীকান্ত, শ্রীকৃষ্ণ, ব্রজমুহোন, শ্রীবাধাবমন, বাধাকান্ত, শ্রীবিগ্রহ তকক নির্পন তৌদুনা সেবা ওই। সংকীর্ত্তন কৎতুনা সেবা প্রচাব তৌই। প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা ইবম্মী লালসা ইশৈ ৩৬ লেংদুনা বাহ্য, অর্দ্ধবাহ্য, অন্তব দশা সাধক্ সীদ্ধ ভাব গৌব ভক্তনা চৎকদবা ভক্তিগী মচৎ ইদুনা থম্মীবম্মী। সীদ্ধ লীলাগী মতাংদসু অঙকপা কৃপা উৎখী মদুদি সীদ্ধ ওইববা ঠাকুব মহাশযগী সীদ্ধাঙ্গনা চন্দলগী শীং মথক্তা যাত্তাদুনা লৈবক্লবদা মৈ চুবমদাই মতমদা পাপী মযান্না কব্মেবা ব্রাহ্মৈনা নিন্দা তৌদুনা নোক্লখি। অসুন্না হায। যেংউ নবোত্তমসে অপবাধগী মহৈ যাল্লবেদো শূদ্র মচা মানা ব্রাহ্মন ফাওবা দীক্ষা শিক্ষ্যা পিদুনা গুক ওইকবগী দোষনা শিবমদাইদা মবোল থোক্তনা শিগদৌবেনেসে অসুন্না পাষণ্ডী মযান্না নোক্লদুনা নিন্দা তৌবা তাবদা খাংবা ব্রাববা গঙ্গানবাযন চক্রবর্ত্তীনচিংবা সেবক্সিংনা চিত্তাগী মাংদা লেপ্তুনা খুৎ লোম্নদুনা গুকদেবদা হাযজবকই। গুকদেব। জগৎ অসি লোইনা মাংহৌবা তাবে, অমুক্তা লেংখৎপিবকখো। অসুন্না মনাই ভক্তসিংনা হাযজবক্লবদা ইখং খংহৌদনা চিত্তা মথক্তগী লেংখৎলক্তুনা পাপী পুন্নমকপু হুপ্না লানবিবম্মী। অদুগী মতুংদা মতম খব শংসাবদা লৈবিদুনা প্রেম ভক্তি প্রচাব তৌদুনা জীব কযা লানবিবম্মী। নোংমা গুকদেবগী অপাম্বা মতম লাক্লবদা গঙ্গা নাবাযন্নচিংবা মনাই ভক্তসিংগা লোইননা গঙ্গা মপান্দা লেংথদুনা সমাধিদা ফমখি। মনাইসিংদা অভিষেক তৌ হাযনা তাকপি। ভক্ত মযান্না গুকদেবগী কোক্তা অভিষেক্কী জল হৈবকপদা

শঙ্গোম্ অনৌবা ওইনা মহি চেঙ্গ্রোক্তুনা গঙ্গাদা তিনখি। নবোত্তম মীবক্তা পোকপা মীনি, অদুবু ঐখোইনা মীনি হাযসিবা? মশাদি মীনি মীযামগা তিন্নবমী, অদুগা থৌওং থৌদৌ শক্তিদি কৃষ্ণগী শক্তিনি।

## ভাগ্যাচন্দ্রদা লৈবা গুণ

নবোত্তমদা লৈবা গুণ শক্তি অদুমক লাইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রদা লৈ। বাজ ঋষি হাযবা উপাধী ফংই। তেখাও লৈপাক – (অশান্দা) স্বর্গদেবগী যাথংনা হযেংদি অঙাওবা শামু যাবা তাববদা উপায় লৈত্রবা মনাইনা শ্রীগোবিন্দগী নাম সোন্দুনা প্রাথনা তৌদুনা কপ্পী হা গোবিন্দ প্রাননা। হযেং নোং ঙানবদা তোল্লবা ননাই কর্ত্তাদি অঙাওবা শামুগী খুবাক্তা থরাই থাবা তাবে কনান কনবিগনি ঐনা তৌজবা ইপাপকী মহেনি। ইনৈপাক মণিপুবদা শিযু তমমদ্রে ইবুংঙো নহাক্কী সেবা ফংগনু তমখ্রবোইদো। অসুন্না কপ্পমখি কপ্পনযগা নাম সোন্ন সোন্ন তুমথখ্রে। মনাই ভক্তনা হেক তুমথবগা শ্রীগোবিন্দনা মনাইগী মংদা লেংবিবক্তুনা মমাংমক্তদা লেপ্পিববে। কচুনা কুমগী নোং অনৌবা ঙন্না ফজবা সনা ফীগেনা নৌববা খাংদা পকচবা চবনগী খোঙ্জেংদা নোপুবনা ঝুনু কনু হাযনা নিলবা খুত্তা বাঁশী পাইবা, ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা নৌববা শাথেক অহুন্না পুক্রিং হুবা গোবিন্দনা মোমোন নোক্তুনা তাকপিবকই। ভাগ্যচনদ্রা ঐ লাক্লে যেংউ ৱাকনু নংগী শামু অঙাওবদো ঐনা হযেং ফাকিগনি। নখুত্তা খুৎলাই অমত্ত পাইবক্কনু ঐনা পাম্না তুল্লসী পত্র পবেং অমগা চামব অমগা পাইরকউ। শামুদি ঐনা ফাবিরগনি তৌবদদি হযেং নরৈপাক মণিপুব যৌবগা ঐবুদি কাওথোক্কনুকো। নংগী কোনুংদগী নোংপোক চিঙ্খে পাংবদা ভাষ ধুখ গিবী কৌবা চীংগী চীংমাইদা থৈবোং পাম্বী ওইনা নংবু ঙাইবমগে।

মদু ফুল্লগা গোবিন্দ ঐগী মুর্ত্তী অসি নৃপন ওইযু নুংশিবা নংগীদমক বৃন্দাবন থাদোক্লুনা মণিপুরদা লাক্লগনি, নং ঐ লোযনদুনা জীব উদ্ধাব তৌসি অসুন্না তাকপিবল্লগা গোবিন্দ লেংখ্রে, মনাই ভক্ত মংফাওনবে। মীকপ্ থোকলকপদা গোবিন্দ সোন্দুনা কপচৈ। হা গোবিন্দ প্রাননাথ ননাইগী অরাবা উবিদুনা ঐগী ইবুংঙোনা পাপীগী অরাবা কোকপিববনি অসুন্না খন্দুনা নোংঙাল্লগা শামু ফাখি। মসিনি শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তদা ফোংতোকপিবা অঙকপা ঐশ্বর্য্য শক্তিমক্তনি। যেরুবনা শিবসনু হাযনা অঙাওবা শামু ফাও, ইনশিনববু শিবদি লাইবদনা কর্ত্তাগী মীংচৎ চাওখৎখি। জযসিংহ হাযনা মীংথোল সংখি। স্বর্গদেবগা মকপ ওইদুনা যেরুবা মোইবাং নিংথৌবু ইলাই লাইনা ঙমদুনা কান্য চীংদগী খৈবোং ফুকউবগা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীবিগ্রহ নৃপন ওই। অতৈ অতৈ শ্রীমূর্ত্তীসিংসু মনাইগী মংদা তাকপি তাকপিদুনা নিপন তৌহল্লি। অতৈ বিগ্রহসিংদি -- নিংথৌখোঙ্দা সেবা ওইবিবা গোপীনাথ, বিজয গোবিন্দ অবাম্বম নিত্যানন্দ, অমদি লম্যাংদোংদা সেবা ওইবিবা অদ্বৈত প্রভু কোংবদা সেবা ওইবিবা মদন মহোন (হাওঙাই চূড) হাযনা খংনবিবা ইবুংঙোসিংবু হাযবনি। খংভুবেক্তা সেবা ওইবিবা বংশীবদন অদুগা নবদ্বীপ মাযাপুরদা মচা ইবেম্মা শিজ লাইওবীনা লেংসিল্লম্বা অনুপ্রভূ, হৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈবী। হাযবীবা শ্রীবিগ্রহসিং অসি মনাইগী মংদা তাকপি তাকপিদুনা নৃপন ওইহল্লি। অসুম তৌনা শ্রীমুর্ত্তী কযা ফোংতোক্লুনা মনাই ভক্তগা লোইননা পাপী তাপী কযা কযাবু লানবিবি। লংথবালগী বাজ ভবন্দা বাস মণ্ডল সেমদুনা বাস মখল অহুম সেবা ওইখি নিতি বাস, মহাবাস, বসন্ত বাস, মখল অহুম অসিনি। মসিদা শ্রীগোবিন্দনা থোল্লিবা অলঙ্কাব নটববেশ বাশেশ্বরীনা থোল্লিবা বেশ গোপীসিংনা শেৎলিবা পোৎলোই সম্পৎ পুন্নমক অসি কনাগুম্বদগী তাজ তমজকদ্রবা ফীজেৎমক্তনি। ভাগ্যচন্দ্রনা বাস সেবা ওইগে হাযনা

নিংঙক্লবদা রাসদা থোনগদৌবিবা অলঙ্করদি কবি থোনগদগে? রাসগী মওংনা করিনো অপংবা ননাইদি কবিমত্সু খংদে অসুন্না খন্দুনা শ্রীগোবিন্দদা প্রাথনা তৌজে। নুমীৎ অদুগী অহিংদা মনাইগী মংদা গোবিন্দ লেংবিরক্তুনা মোমোন নোক্তুনা তাকপি। ভাগ্যচন্দ্র! লাও ঙসিদি শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস যেংউসি। অসুন্না মনাই ভক্তবু হৌদুনা পুবিবক্লগা শ্রীবৃন্দাবন যৌবক্লবদা তাকপিবকই, ভাগ্যচন্দ্র। ঐ বাস সান্নগে নং যেংউ, তাকপিদুনা মনাইবু বাস যেংহনবি। বাস লোইকপা মনাইগা লোইননা মণিপুবদা হলকপদা চৎনা চৎনা মনাইদা তাকপি ভাগ্যচন্দ্রা। উরেদনা নংনা বাসগী মওং খংদে ফীজেৎ কবি শেৎকদগে রাজবদো মদুগীদমক ঐনা উহল্লবনি। অসুম তৌনা ঐগী অমদি প্রিযা রাধাগী গোপীসিংগীসু শেৎকদবনি, হাযনা শ্রীগোবিন্দনা মংদা তাকপিদুনা বাস কৎহল্লি। মদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা ঐখোইনা বাসদা রাধাকৃষ্ণদা থোল্লিবা পোৎলোই সম্পৎ অসি অতোপ্পদগী মতৌ তমজকদ্রবা ঐখোইগী ওইবা তোপ তোপ্পা চৎনবীনি। মনাই ভক্তগী অপাম্বা পুন্নমক শ্রীগোবিন্দনা যাবি। বাসগী মমাংদা সংকীর্ত্তন হান্না শকইবা অসিমক কাইহৈদ্রবা বসনি। মবমদি কলিদদি হবি সংকীর্ত্তন্না মরুনি, বাসনচিংবা রাধা কৃষ্ণগী অষ্ট কাল লীলা পুন্নমক গৌরাঙ্গনা কলিদা পুথোকপিবা ভাবিমক্তনি। কলি যুগ্কী যজ্ঞদি সংকীর্ত্তন্না অথোইবা মহা যজ্ঞনি হাযনা ভাগবতনা তাকই।

শ্রীমদ্ভগবত – ১১।০৫।৩২ শ্লোক্না তাকই
জনক্তা কবভাজন্না হায।

কৃষ্ণবর্নং তিষাহকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞে সংকীর্ত্তন প্রায়েযজন্তি হি সুমেধস॥

অস্যার্থ = কলি যুগ্তা হিতাহিত বিবেক লৈবা সাধুসিংনা কৃষ্ণগী নাম তত্তনা শোনবা মনুং মুবা মপান ঙৌবা নিত্যাই অদ্বৈতবু অঙ্গ

উপাঙ্গ ওইনা লোইনবা শ্রীবাস গদাধরনচিংবা ভক্তশা তেঙ্গোল ওইবা হরি নাম্না খুৎলাই ওইবা হরি সংকীর্ত্তনগী মশক যজ্ঞগী বিধীনা ইবুংঙো মহাকপু নিংনগনি। শ্লোক অসিনা তাকই। কলিগী সংকীর্ত্তন অসি অসুঙ্কী মতিক মরু ওইরে। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন পাম্বী থাব্বিবম্বা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রেম কল্পতরুগী অচৌবা মশা ওইবা রাজ ঋষি ভাগ্যচন্দ্রনি। মণিপুব সনা লৈপাকসিদা সংকীর্ত্তন মখল মখল কযা ভাগ্যচন্দ্রনা পুথোকপিরম্মী। নট সংকীর্ত্তন জগোই রাস মখল অহুম গৌরলীলা, ষনশেনবা উদুখোল, ব্রারী লাইরিক, মণিপুবদা চৎনবিবা সংকীর্ত্তন অয়াম্বা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা পুথোকপিবম্মমক্তনি। ভাগ্যচন্দ্রনা পাংথোক্লম্বা থবকসিং অমদি অবোইবা যাহিপ পুন্নমক অসিনা শ্রী গুরুদেব নবোত্তম্বু নিংশিংনবি। খেতবী গঙ্গা মপান্দা নবোত্তমগীদমক শেমখিবা গুরুদেবনদি পুখিদ্রবা চন্দলগী শীংঙাক্তনা শেম্বা চিতাদা ঐনা মপোক ওল্লকপনি তাকপগুম্না বাজঋষিগী সিদ্ধী ওইববা সনা হকচাংগী তিক্ষম ওইখী। উৎলম্বা শক্তি ভক্তি প্রচারগী মওং অবোইবা যাহিপ পুন্নমক অসিনা ভাগ্যচন্দ্রবু নবোত্তমগী শক্তি নত্তে হাযসিবা ভাগ্যাচন্দ্রা সীদ্ধ ভক্তনি।

## লাইরিক থিবা হায়বা সংকীর্ত্তনগী গুণ।

ঐখোইগী মণিপুবদা চৎনবিবা লাইবিক থিবা হাযবা হায়না মীংথোনবিবম্বা সংকীর্ত্তন অসিদি নাম, গুণ, লীলা অহুম্মক সুবা হৌনা লাওনা বাগ রাগীনী পান্দুনা শক শোনবা কলিগী মাহা যজ্ঞ ওইবা সংকীর্ত্তন্নি।

স্তপ্ মালাগী ২গুবা স্তপ্ অহানবা শ্লোক্না তাকই —

কলৌযংবিদ্বাংস ঃ স্ফুতমভিষজন্তে দ্যুতিভবা

দকৃষ্ণাঙ্গং কৃষ্ণ মখবিধিভিকৎকীর্ত্তন ময়ে।
উপাস্যাঞ্চ পাহূর্য মখিল চতুর্থাশ্রম জুষাম্
সদেব চৈতন্যাকৃতিতরাং ন কৃপযতু॥

কলি যুগ অসিদা পণ্ডিৎসিংনা হরিনাম অমদি গুন লীলাবু হৌনা লাওনা শক শোনবগী মশক ওইবা যজ্ঞগী বিধিনা মবম ওইদুনা কুচু মুররমকপু শ্রীবাধাগী কুচুগী মঙাম্না হেনখিবনা মপান্দা ভৌরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুবু পূজা তৌগনি। ইবুংঙো মহাকপু মরিগুবা আশ্রম সন্ন্যাসদা লৈবসিংনা উপাসনা তৌগনি হায়বা অদুগুম্বা চৈতন্যগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোইবু থৌজানবিসনু অসিগুম্বা শাস্ত্রগী প্রমান ওইবা ব্রাহে অসি লৈবনা মণিপুবী ঐখোইগী লাইবিক থিবা হায়বা হাযনা মীংথোনবা সংকীর্ত্তন অসিদি মনুংদা বস গুণ কযা ফুমদুনা লৈবা কলি ফুগ অসিগী মাহা যজ্ঞ ওইবা সংকীর্ত্তন্নি। সংকীর্ত্তন অসিগী নুংগী ব্রাহ্নথোক্তি শিংথাবা ঙমদনা লৈখ্রে। সংকীর্ত্তন অসিগী যুম্ফমদি বেদ শাস্ত্রনি। মপাম্বী মউদি ভাব ভক্তি প্রেমনি। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষনা অচৌবা মশানি। মসিদগী লোংথোরকপা মশাসিংদি মশিং থাবা ঙমদনা লৈখ্রে। পোকপা, হিংবা, শিবা, হাযবিবসিং অসিদা তৌগদবা নিতি নিযম শুনা তাকপা সংকীর্ত্তন্নি। মীওইবনা চৎকতবা লীচৎ শাজৎ শুক শিষগী ব্যবহার থকশি, খাশি, যুম্বাল্লোন মমা মপাগা মচা মশুগা লোইনগদবা, দেশ ভক্ত — মবৈপাক নিংবা লৈঙাকলোন মসি তাবগা লমহেনবা পুক্রিংবু মতোমদা ব্রারকচবা মীযাম্বু অপুনবা শক্তম অমত্তদা পুসিল্লকপা ঙম্বা মীনুংশি খংবা অধ্যাত্মাগী ব্রাখন পিবা মসিনচিংবা মনুং অমসুং মপানগী লম্বী অনিমকপু মচা তানা তানা তাকপা মাহা সংকীর্ত্তন্নি।

## সংকীর্ত্তন অসিগী য়ুম্ফম।

সংকীর্ত্তন অসি মরক মযাদ্গী ওইরকপা নত্তে, মসিগী প্রমান্দি সংকীর্ত্তন মশানা সাক্কিনি। মদুদি শ্রীমদ্ভাগবত মহাভাবত ভগবত গীতা, বামায়ন, শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত চৈতন্যভাগবত, শ্রীগোবিন্দলীলামৃত, প্রেমবিলাস, বিদগ্ধমাধব, ললিত মাধব, বৃন্দাবন লীলামৃত, রাধা মাধব, ভক্তি বসামৃত সিন্ধু, দানকেলী কৌমুদী, হরি ভক্তি বিলাস, পুবান ১৮গী পাওতাক বেদ্গী মচি ওইববা বস মসিদসু নত্তে, অতৈ-অতৈ লাইবিক কয়া অমা লৈখ্রে। লাইবিকসিং অসি স্পর্শ মণিমক্তনি। স্পর্শ মণিগী শক্তিনা কোল্হিং কাববা যোৎ ফাওবা শোকপতবু শোক্সরবদি সনা হেক্তা ওলহল্লি। অদুগুন্না মথক্তা পঞ্জবিবা লাইরিকসিং অসিগী অর্থ রসবু নৈনজরবা অস্বাদন ওইজরবদি থম্মোইগী অমোৎপা খলহে তৌহেদবা পুন্নমকপু চামথোক্তুনা মনুং মপান অনিমকপু তক তকহনবা ঙম্মি। মবম অসিনা লাইরিকসিং অসিগী অর্থ বসবু মপান্দা পুথোক্তুনা ফোংতোক্তুনা মীয়ামদা প্রচাব তৌবিবা লাইরিক থিবা হাযবা সংকীর্ত্তন্নি। সংকীর্ত্তন অসিদি মনম নুংশিবা লৈনাতনা যোম্না লৈযোল মনুংদি লৈহি থম্না লৈবা লৈমল চনবা লৈতবা কুইব কুইকগা মনম নুংশিবা হেনগৎলকপা মৈত্রবাক্চা ঐখোইগী অচৌবা ইবল ওইবা পৃথিবী সিনথুংনা সত্তোক্কবা ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা থম্বিবম্না মমল নাইদবা লৈবাং পাম্বীনি। অসিগুম্না পাম্বী অসিবু হিংনবা মশা মরেং শত্তোক্কবা হোৎনবা হাযবসি ঐখোই খুদিংমক্কী ইথৌনি।

## মণিপুরদা থিবা হায়বা হৌখিবা শোক্

লাইরিক থিবা লাইবিক হায়বা কলা সংকীর্ত্তন অসি শকাব্দ ১৭১৬ — খৃষ্টাব্দ ১৭৯৪ ফাইরেন থা পানখৎলকপা শ্রীপঞ্চমী তিথী (মঙানি পানবা) মঙ্গলগী মশক ওইবা তিথী অসিদা কলা সংকীর্ত্তন অসিগী মপোক নুমীৎনি হাযনা ওঝাসিংনা থম্বীবম্মী। লাইবিক থিবা পুথোকপিবম্বা ওঝা খুম্রাকপম দামুসিং, লাইবিক হাযবা পুথোকপিবম্বা শ্রীপুখ্রম্বম চাওবসিং শ্রীগুরুদেব অনি অসিনা শ্রীগোবিন্দগী মণি মন্দিব মমাংদা নিংথৌ মন্ত্রী পণ্ডিৎসিং ব্রাহ্মন বতন, লৈপাক্কী অঙম অথৌ প্রজা মীয়ামদগীসু অখং অহৈ যাওনা শাস্ত্রগী বিধান যেংদুনা বাগ বাগিনী পান্দুনা স্বব লিপী সেমদুনা লেংবা যাদবা যুম্ফম থমদুনা সেম্বীরম্বা কলা সংকীর্ত্তননি। কলা সংকীর্ত্তন অসিগী মশাগী ওইবা রাগ পুরুষ ৬ বাগীনী ৩৬ সখা সখী বাহন সুনা লৈ। ঐখোইগী লাইবিক্তা চংনবিবা বাগ বাগীনী অসি হিন্দুস্থানী বাগদগী তোংঙানবা নত্তে। নট সংকীর্ত্তনদা হৌনবিবা বাগ অসিসু অদুমঙাই বাগ হাযবসিদি অনিথোক্লা জগৎতা লৈতে। মবমদি বাগ হাযবসি ঈশ্ববগী মশক্তি। সৃষ্টিদগী হৌনা লৈবক্কে হাযবদা লান্দে। ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবা দেবতামক্না বাগগী মবমদা নৈনবক্লি প্রাজ্ঞ ওইববা প্রাচিন যোগী ঋষিসিংনসু অতৎপা লৈতনা নৈনবকপনা ঙসি ফাওবা পণ্ডিৎসিংনা থীজন হুমজনবা নৈনবা লেপত্রী। অদুবু মসিদি ঐখোইগী বুদ্ধী শক্তিগী ব্রাংমদা লৈখ্রে। মসিগী মনুংদা ছন্দ কায স্ববলিপি অলাপ সেমদুনা পুথোকপা হাযবসিদি লাইগী শক্তি ওইবা ওঝাসিংনা পুথোকপমক্তনি। অতৈ অতৈ কীর্ত্তনসিং অসিসু অসুন্না সেম্বমক্তনি। ঐখোইনা হৌজিক শৈসক শৈদমজবিবা থিবা হাযবা সংকীর্ত্তন অসিসু

কৃষ্ণগী কৃপা শক্তি ওইবা চাওবা, দামু শ্রীগুরুদেব অনিনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপাগা লোইননা লেংফদবা য়ুম্ফম থমদুনা পুখোকপিরম্বা কলি যুগকী মহাযজ্ঞ ওইবা সংকীর্ত্তন্নি। ওঝা গুরু হায়বসি মীচম নত্তে

যথা অচার্য্যং মাং বিজানিয়াৎ নাবমনেত কর্হিচিৎ
মর্ত্তাবুধ্যা নঃ অসুযেত সর্ব্বদেবময়গুরু।

ওঝা গুরুবু কৃষ্ণ ঐমক্নি নিংউ। কৈদৌঙেদসু থৌওইদবা তৌগনু মীনি খন্দুনা নিন্দা তৌফদে, লাই পুন্নমক্কী মশক ওইবা ওঝা গুরুনি, অসুন্না শ্রীকৃষ্ণমক্না তাকপিবি

শ্রীমদভাগবত স্কন্ধ ১১।২৯।৬ তা উদ্ধপ্না কৃষ্ণদা হায
নৈবোপযন্ত্যপচিতিং কবযস্তবেশ
ব্রহ্মাযুষাপি কৃতমৃদ্ধমুদ স্মরন্তঃ।
যোন্তর্বহিস্তনুভৃতামশুভং বিধুন্বন্
নচার্য্যচৈতবপুষা স্বগতিং ব্যানক্তি॥

উদ্ধব্না হায! হে কৃষ্ণ — ইবুংঙো নহাক্না জীবকীদমক তৌবিবিবা উপকাব অসিগী লমনবু বিবেক লৈবা কবিসিংনা হরাওবা চাওখৎনা ব্রহ্মাগী পুন্সিমুক শাংনা নিংদুনসু নংগী লমনশিংবা ঙম্মোই। ইবুংঙো নহাক্না দেহধারী জীবসিংগীদমক থম্মোইনুংদা অত্মা অন্তর্য্যামী ওইনা লৈবিদুনা জ্ঞান শক্তি পিবি। মপান্দনা ওঝা গুরুগী মশক ওইনা তাকপি তম্বীদুনা পাপ কোকপিদুনা নহাক্কী শক্তি গতি ফোংতোকপিবি। ভাগবতকী শ্লোকসিনা তাকই। ওঝা গুরু মীচম নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি। মরম অসিনা সিদ্ধী ওইখ্রবা ওঝাসিং অমদি হৌজিকমক লৈবিবা ওঝাসিংবুসু মীবাইফদে, লৈখিদ্রবা ওঝাসিং অদু ঙসিসু হিংই হাযনা লৌগনি। মবমদি ওঝাসিং অদুনা শেম্বীবম্বা কলা

সংকীর্ত্তন অসি ঙসিসু হিংই হেন্নদুম চাওখৎলকপনা ঙসিদি চাওনা মহৈ য়াল্লবে। ওঝাসিং অদু ঙসি ফাওবা হিংই।

## লাইরিক থিবা হায়বগী মশক

লাইবিক থিবা হাযবা সংকীর্ত্তন অসি শ্রীবৃন্দাবন্দা হৌদোকখি। শ্রীরূপ গোস্বামী শ্রীজীব গোস্বামী মপা মচা অনিনা হৌদোকপিরম্মী মওংদি রাগ রাগীনী পান্দুনা থিবদি নত্তে চুন্নদগী শ্রীজীবনা মযেক থিবগা শ্রীরূপপা অর্থ হন্দোক্তুনা শ্রীজান্থবা ঠাকুবানীনচিংবা ব্রজবাসী বৈষ্ণবসিংবু তাহনখি। প্রেম বিলাসগী ১৬শুবা বিলাসদা লৈ। শ্রীজান্থাবা ঠাকুরানীনা শ্রীবৃন্দাবন পবিক্রমা ওইবকপদা শ্রীবাধা কুণ্ডগী অব্রাং ললিতানন্দগী লৈনা শ্রীরূপ মঞ্জবীগী রূপোল্লাস কুঞ্জদা থুংঙদুনা শ্রীরূপ গোস্বামীগা উনদুনা সাধু সঙ্গ কথা অলাপ ওইখি। জান্থবা লেংঙকই তাবদা ব্রজবাসী বৈষ্ণব গোস্বামীসিং শ্রীসনাতন গোস্বামী শ্রীলোকনাথ, শ্রীগোগালট, শ্রীবঘুনাথভট, শ্রীবঘুনাথ দাস, শ্রীভুগর্ভগোস্বামী, শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ মসিদসু নত্তে অতৈ অতৈ বৈষ্ণব মযাম অমা যাওনা শ্রীরূপকী কুঞ্জদা ফমদুনা ব্রাবী সাম্নৈ। মতম অদুদা জান্থবাজীনা তাকপি শ্রীরূপ্। ঙসিদি লাইবিক তাসি। বিদগ্ধমাধব তাসি লাইরিক তৌ তাকপিবক্লবদা শ্রীরূপপা মচা ইবুংঙো শ্রীজীববু ময়েক থিহল্লগা শ্রীরূপপা অর্থ হন্দোক্তুনা তাহনখি।

যথা — প্রেমবিলাসগী বিলাস ১৬ তা হায়।
পড়িতে লাগিলা জীব আসনে বসিযা।
ঠাকুরানী শুনি ভাবে গর গর মন॥
শ্রীরূপের ব্যাখা শুনি বসি ঠাকুবানী।
ভাবেব বিকাবে কান্দি গড়ি যায় ভুমি॥

মসিমক প্রেম বিলাসদা লৈ মবম অসিনা ঐখোইগী লাইবিক থিবা হাযবা হাযনা মীংথোনবা সংকীর্ত্তন অসিগী হৌবকফম যুম্ফমদি শ্রীবৃন্দাবন্দা হান্না হৌদোকখি। সিদ্ধান্ত অসিনা মবম ওইদুনা লাইরিক থিবা হাযকগী মশক কনানো হংলবদি থিবগী মশক্রা শ্রীজীব গোস্বামী বিলাস মঞ্জরীনি, হায়বগী মসক্রা শ্রীরূপ গোস্বামীগী মসক শ্রীরূপ মঞ্জরনি। অসুন্না ওঝা গুরুসিংনা তাকপিবা মত লৌজদুনা ইজবে।

## ব্যাস আসন মমাংদা থাবা আসন।

ঐখোইনা সংকীর্ত্তন অমা সেবা ওইবা মতমদা মন্তির মযাইদা আসন অমা সোইদনা থাই. মসি চৎনবিনি, অমসু শাস্ত্রগী মতনি। ঐখোইগী লাইবিক থিবা হাযকীদি লাইবিক থিবা হায়বনা ফম্নীবা ব্যাস আসনগী মমাংদা থানৈ মসি মথক্তগী গুরুবর্গনা চৎনবকই। আসন অসি কনাগী আসনো? আসন অসিগী মরমদা অখং অহৈ বিবেকসিংনা মাগী মাগী মত তোংঙান তোংঙান্না পিনৈ। কনাগুম্বনা হায বৈষ্ণব অমগী আসন্নি। করম্বা বৈষ্ণবনো? মশক মমীং পিদে। কনাগুম্বনা হায কুণ্ড বাসী অমগীনি। কবম্বা কুণ্ডবাসীনো? অকেম্পা লৈতে। কনা কনাগুম্বসিংগী মতনা অমুক হায় — তারিবা লাইবিক্কী মখা পোনগনি, বামাযন তাকগা হনুমান্নি ভাগবত তারগা পবিক্ষিৎনি মহাভাবৎ তাকগা জন্মেজযনি, চরিতামৃত তারবদি কনাগী আসন ওইগদগে? অসুন্না তত্ব বিচারসিং অমদি খংনিংবা বৈষ্ণব কয়া কয়ানা মসিগী মরম কন্না নৈনরী থিনরী অদুবু ঙসি ফাওবা অকেম্পা লৈত্রি। মতাং অসিদা ঐখোইনা বিচাব তৌকগা বৈষ্ণবসিংগী অপাম্বা মত লৌজদুনা অমা লেপচরে। আসন অসি শ্রীগৌবাঙ্গগী আসন্নি। মরমদি ভাগবত ধর্ম্ম যুগল উপাসনাগী মরু ওইবা হৌরকফম শ্রীগৌরাঙ্গনি।

অজানু লম্বীত ভুজৌ কনক বদাতৌ সঙ্কীর্ত্তনেক
পিতবৌ। বিশ্বম্ভব দ্বিজববৌ যুগ ধর্ম্মপালৌ বন্দে
জগৎপ্রিযকবৌ ককনাযাবতাবৌ॥

পাম্নোম অনিনা খুকউ তাজিন যৌনা চোনবা কুচুদা সনা মচুনা তাংজবা হরি সংকীর্ত্তনগী মপা ওইবা মীৎ অনিনা শাৎকাইরবা থম্বালগী লৈনানা তমজবা কোইরাওননা ফজবা মীৎমৈনা নাকোংগী মখোং তম্বা জগৎপু য়োকপী পুবী হাযবদগী বিশ্বম্ভব থোনবা অর্থাৎ অনিনা জগৎপু য়োকপি পুবিবীবা ভগবৎ ভক্তি তম্বীবা জগৎ গুক অখোইবা থা ওইনা ঙানবিবিবা পক্ষ অমদা হাযরগা ব্রাহ্মন মবক্তগী অখোইবা কলি যুগকী অখোইবা ধর্ম্ম সংকীর্ত্তনবু ঙাক সেনবিবিবা জগৎ জিব পুন্নমকপু অচান মীবাই লৈতনা চানবিহেবা থৌজানগী সমুদ্র ওইবা শ্রীগৌব নিত্যাই অনিবু খুরুমজে। শ্লোকসিনসু তাকই কলিদা সংকীর্ত্তন পুথোকপিবা গৌব নিত্যাইনি।

শ্রীচৈতন্য চবিতামৃত আদি লীলা প্রথম
পবিচ্ছেদদসু কবিবাজনা হায।
যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপাস্যা তনুভাঃ
য অত্মান্তর্য্যামী পুকষ ইতি সোহস্যাংশবিভবঃ
ষড়ৈশ্বর্য্যাঃ পুর্নোঃ য ইহ ভগবান স স্বয়মযং
ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পবততত্বং পবমিহঃ॥

অস্যার্থ —– উপনিষতনা হায ব্রহ্ম হাযবসিনা মহেল্লে। অনিশুবা অমা লৈত্রে। হাযবিবা ব্রহ্মদো শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গগী মঙাম্না ওইবনি। যোগ শাস্ত্রনা পুন্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা আত্মা অন্তর্যামী ভগবান হাযনা কৌনবিবা অদুসু শ্রীচৈতন্য প্রভুগী অংশনা ওইবনি। অদুগা তত্ত্ববু কুপ্না থিবসিংনা-হাযবদি – তত্ত্ববিচাবসিংনা

মহাক অদুবু ঐশ্বর্য্য তরুক্লা মপুং ফাবা স্বযং ভগবান হাযনা সাতপ্লসিংনা কৌবা ইবুংঙোদো শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু ইবুংঙো অসিনি। শ্রীকৃষ্ণমক ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী অহেনবা অমা লৈত্রে। মথক্কী শ্লোক অনিসিনা প্রমান ওইবে পুর্নোত্তম্ স্বযং ভগবান ব্রজেন্দ্র নন্দন্ ইবুংঙোদো হৌজিক কলি যুগ্ অসিদা ঐখোইগী লাইবক ফবনা পুর্নোত্তম শ্রীগৌরাঙ্গ স্বযং ভগবানসিনি। কলিগী মহাযজ্ঞ সংকীর্ত্তন পুথোকপিবা সংকীর্ত্তনগী গুরু গৌরাঙ্গনি। সংকীর্ত্তন অমবু সেবা ওইববদি সংকীর্ত্তন অদুদা শ্রীগৌরাঙ্গ লৈবে। প্রমান অমনা সংকীর্ত্তন অমা সেবা ওইবা মতমদা ভাবোক বৈষ্ণব হেক চংঙকপগা লৈ চন্দন নির্ম্মল্যনা ওকই। লৈ চন্দন অদু গৌরাঙ্গদা কৎলুরবা নির্ম্মল্যনি। গৌরভক্তসিংনা মবুংঙোগী নির্ম্মাল্য নত্তনা লৌদে। তৌকগীদি আসন অসিদা লেংসিনলিবদি ভাবমযনি। ভাগবতনা শ্রীমুর্ত্তী ৮ তাকই। মদুদি শৈলী (নুংগী) দারুমযী, (উগী) লৌহী, (ধাতুগী) লেপ্যা (চিত্রকংকী) লেখাচ, (মযেক্কীসু) মৃৎমযী, (লৈপাক্কী) সৈকত (মনিগী) মনমযী (পুক্নিংগী) শ্রীমুর্ত্তী ৮ অসিনি। সংকীর্ত্তন সেবা ওইজরিবা থৌকুনা মণ্ডির শেম সাবা হেক্ লোইকপা আসন অসিদা ঐগী ইবুংঙো লেংসিনবিরে হাযনা নিংজদুনা ধুপ, দ্বীপ, লৈ চন্দন, সেবা ওইজগনি। অসুন্না বাগানুগা গৌর ভক্তনা শ্রীগৌরাঙ্গগী আসন্নি হাযনা লেপ্পরি। গৌর সম্প্রদায নত্তবা অতোপ্পা সম্প্রদাযগীদি ঐখোইনা খংবা ঙমদে, গৌর সম্প্রদাযগীদি শ্রীগৌরাঙ্গগী আসন্নি হাযনা অকেপ্পা থমজবে।




## ব্যাস আসন।

দ্বৈপায়ন - ব্যাস দেববু বেদব্যাস হাযনা মী লাই পুন্নমক্না কৌনৈ। করিগীদমক বেদ ব্যাস হায়রিবনো? বেদগী মুর্ত্তীনি, ভগবানগী শক্ত্যাবেশ অবতারনি।

জ্ঞান শক্ত্যাদি কলয়া যত্রাবিষ্ট জনার্দ্দনঃ
ত আবেশাগদন্তে জীবা এব মহত্তমা॥

হেক্তা খংবা ওন্না শক্তি লৈবা থবক পাংথোকপা ওন্না শক্তিন্বু জিব অদুদা ভগবান্না অংশ ওইনা পিবিবা অদুগুন্না জিবকী মনুংদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ চেনবা মহাক অদু ভগবানগী শক্ত্যাবেশ অবতার কৌই। জগৎতা লৈরিবা বেদ শাস্ত্র অয়ান্না বেদ ব্যাসনা শংসারসিদা পুথোকপিদুনা জিবকী অফ ফত্ত লম্বী তাকপি। মরম অসিনা করিগুন্না বেদ শাস্ত্র অমা শক শোনবা মতমদা ঐখোইনা ফন্নরিবা আসন অসি বেদ ব্যাসনা পুথোকপা ব্যাসগী শক্তিনা ওইবা আসন্নি। সুত মুনিনা আসন অসিদা ফমদুনা ভাগবত বক্তা তৌদুনা সনক সনন্দনচিংবা যোগী ঋষিসিংবু তাহল্লি। শ্রীশুকনা ভাগবত লিদুনা পরিক্ষিৎপু তাহল্লি। বৈসম্পায়ন মুনিনা ব্যাস আসন্দা ফমদুনা মহাভারত লিখী জন্মেজয়বু তাহল্লি। মরম অসিনা আসন অসি ইচম চন্না নত্তে বেদ ব্যাসনা পুথোকপা শক্তি লৈবা আসন্নি মরম অসিদগী ব্যাস আসন কৌনরিবনি। ফন্না হৌনে হায়দুনা পংফম ফন্না য়াদে ফন্না মতমদা ব্যাস ভগবানবু ভক্তি তৌনা ফমগনি।

## কলা অসিগী চংনবা নীয়ম খর।

লাইরিক থিবা হায়বা কলা অসিদা কাইবা য়াদবা চংনবা নিয়ম কয়ামুক লৈ। কলা অসিদি মরক মশা নত্তে বেদ শাস্ত্রনা য়ুম্ফম ওইবা ভাগবত ধর্ম্মগী বৈষ্ণব ইজম ওইবা য়ান্ন মরু ওইবা সংকীর্ত্তন্নি। কলাসিদা খোংদারক্লিবা মীশক অদুদি অঙাং ওইরবসু অহলবু ওইরবসু সংস্কার তৌজরবা মীশক ওইজগনি। গুরু প্রনালিকা লৌজদুনা দিক্ষা শিক্ষা তৌজদুনা ভক্তি চংপা মীসক ওইগনি কলা সংকীর্ত্তন অসিনা জাতি বিজাতি শাগে জাৎ অফ-ফত্ত খাইদে। চণ্ডালগী

শাগৈদা পোকপনসু ভক্তিবু চৎলবদি মতিক চাবা কলা ওইরে। অথোইবা ব্রাহ্মনগী বর্নদা পোক্লনসু ভক্তি চৎত্রবদি সংকীর্ত্তন অসিগী কলা ওইবা মতিক চাদে হায়না লৌগনি। চিঙ্গাক ফাওবা হিংসাগী চিঙ্গাক নিশা কাবা ময়াই কাবা বেদ শাস্ত্রনা নিযেধ তৌবা পুন্নমক থাদোক্কনি। মরমদি সংকীর্ত্তন অসিদি ভাব ভক্তিগী পান্বী ওইবনি। মপাঙ্গোংগী ওইবা ফীজেৎ লৈতেংদগী হৌনা ভক্তিগী চিহ্নমক্তনি। গুকশমদা শিরীবা উরীক, লেংবান্দা থাংইবা নোঙুন লাইবক্তা থিল্লীবা চন্দন মথিল, শেৎলি ইল্লিবা ফৈজোম, লাঙ্গুরা অঙৌবা, ফীজোল পুন্নমক অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গগী অনুগা ভক্তিগী খুদম তাকই। মসিনা মপানগী ওইবা খুদন্নী, নুংগী ওইবা ভাবতি মশানা মশাবু সকখংনা শোনবনি। রাগ রাগীনীসিং অসিনা পুবা নুমীৎ খংনা শোনবা মাংদা থারিবা লাইরিকপু শ্রীমুর্ত্তীমক্তি থাজনা শোনগনি সেবা তৌগনি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুন, লীলানচিংবা পুন্নমক সচ্চিদানন্দমক্তনি। শ্রীমদ্ভাগবত মহাভারত, শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রসিং অসিসু শ্রীমুর্ত্তীমক্তনি। লাইরিকসিং অসিনা তাকইবা পাওতাক পুন্নমক শ্রীমুখ বাক্যনি। নাম নামিন অভিন্ন - নামগা মশাগা অমত্তনি॥

> নাম চিন্তামনিঃ কৃষ্ণ চৈতন্যরসবিগ্রহঃ
> পূর্নং শুদ্ধোনিত্যমুক্তোহভিন্নত্বা নাম নামিনোঃ

শ্রীকৃষ্ণগী নাম অসিদি নিংজবা পুন্নমক থোকপা চিন্তামণি কৌবা যাইনি। কৃষ্ণ হায়বা নাম অসি কৃষ্ণ মশাদুমক্তি। মীওইবনচিংবা জীবদা হোংবা, চাওবা থোল্লিবা মীং অদুগা মশাগা তোঙ্গাল্লি। অর্থাৎ ময়াগী মখা পোল্লি মাংবা নাই। সৎ চিৎ, আনন্দ ওইবা কৃষ্ণগী নাম গুণ লীলা অসিদি শ্রীকৃষ্ণ মশাদুমক্তি। মফম মতম মাইকৈনা মাগী গুমখৈ মসিদা লৌইরে হায়রুবা গুমদবা পুন্নমক্তা থন্না লৈবা মায়াগা

যানখাইনদবা শেংলবা সৎ চিৎ আনন্দগী মশক্তি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তোংঙান তোংঙানবা কৃপা শক্তি কয়া পুথোক্লুনা ইবুংঙো মাগী চরন ফংনবা লম্বী তাকপিরি। শাস্ত্রসিংনা তাকইবা পুন্নমক ইবুংঙো মাগী বাক্যনি, মরম অসিনা মসিবু শক শোঞ্জবা মতমদা শ্রীমুর্ত্তীমক্তি নিংদুনা সেবা তৌজগনি॥

## রাগ পুরুষ তরুক্কী মমীং নুমীৎ

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| নোংমাইজিং | – | মালব | – | মহাদেবগী | – | মশক্তি |
| নিংথৌকাবা | – | মল্লার | – | শ্রীকর্নানবশায়গী | – | মশক্তি |
| লৈপাকপোকপা | – | শ্রীবাগ | – | ক্ষীবোদশায়গী | – | মশক্তি |
| য়ুমশকৈশা | – | বসন্ত | – | গর্ভোদশায়গী | – | মশক্তি |
| শগোলশেন | – | হিল্লোন | – | পরব্যোমনাথগী | – | মশক্তি |
| ঈরাই | – | কর্নাটক | – | দ্বরিকানাথগী | – | মশক্তি |
| থাংজদি | – | পূববী | – | রাগীনীনা | – | পুই |

## রাগ পুরুষ তরুক্কী রাগীনীসিং

মালব্ রাগ প্রিযা ১ – ধানসী  ২ – মানসী
৩ – বামকেরী ৪ – সিন্ধুবা ৫ – অসাবরী – ভৈববী অসিনি।
মল্লাব রাগগী প্রিযা ১ – বেলাবলী ২ – পূরবী।
৩ – কানড়া ৪ – মাধবী ৫ – কোড়া ৬ – কেদারিকা অসিনি।
শ্রীবাগগী প্রীয়া ১ – বেলোয়ারী ২ – গৌরী
৩ – গন্ধাবী ৪ – শুভগা ৫ – কৌমারী ৬ – রোগী অসিনি।
বসন্ত বাগগী ১ – তোরী ২ – পঞ্চমী ৩ – ললিত
পঠমঞ্জয়ী ৫ – গুর্জ্জরী ৬ – বিভাযা – অসিনি।
হিল্লোলরাগগী ১ – মযরী ২ – দ্বিপিকা – দেশকারী

৪ – পাহিরা ৫ – বড়াড়ী ৬ – মারহাটী তরুকসিনি।
কর্নাটক ১ – নাটিকা ২ – ভূপালীত – রামকেলী
৪ – গড়া ৫ – কামোদ ৬ – কল্যানী – তরুকসিনি।

## ৭ সখা বাহনসিং

মালবকী — সখা — ছুহিনি। বাহন্না — পরিঘুছানি।
মল্লাবগী — সখা — নাকথা। বাহন্না — ভাটিয়ানি।
শ্রীরাগগী — সখা — কুহশীতননি। বাহন — পোঁভাটিয়ানি।
হিল্লোলগী — সখা — বঙ্গাদানি। বাহন — পদছন্দনি।
কর্নাটক্কী — সখা - কুহ অরৈবী। বাহন্না — খোম্বিন্নি।

## লুচিংবী রাগীনী ৬ ক্কী সখী বাহন

ধানসীগী — সখী — তমালস্কন্ধ — বাহন — টৌতকনি।
কেদারগী — সখী — একাবলিহার — বাহন — এন্নীনি।
শুভগাগী — সখী — রঙ্গাখী — বাহন — কলহারীনি।
তোবীগী — সখী — সারঙ্গিকা — বাহন — দীর্ঘললিতনি।
মউরীগী — সখী — স্বাধীন — বাহন — জলকেলীনি।
কামোদকী — সখী — রূপক্ — বাহন — বিজয়নি।

রাগ রাগীনীগী মরমদা কনাগুম্বা ওঝাসিংগী মতনা অসুন্না ইবী। কনাগুম্বা ওঝাসিংগী মতনা অমুক হাযবি। ছুহি হাযবা ছন্দ অসিনা রাগ পুন্নমক্কী বাহন ওইগনি। ছুহি হায়বদি — হেনই সংসাব বৃক্ষ হাযবা ছন্দ অসিনী। অদুগা সখা, সখী, বাহন হাযনা খাইরমদ্রে। মসিগী মহৎতা উপরাগ হাযনা ইরন্মী; হাযবদি থম্বীরম্মী। মসিগী

